# হীরোনা চৎখ্রবদা
# ডিরেক্টরনা শিখ্রবদা

( Experimental Short play )



অইবা—

=হাও অমর=

# Herona Chatkhrabada Directorna Shikhrabada

*An Experimental Short play in Manipuri language.*
*Duration — 60 (Sixty) minutes only.*

Asst / Khan

Published by – *The Mother Ekabali Publication.*
Bantarapur, Cachar and written by--
HAO AMAR of Bantarapur, P. O. Sundari,
Dt. Cachar, Assam.

1st Edition-- 1100 Copies.
Date of publication-- 1st January 1988.
Block Maker-- MEISNAM CHANDRAMOHAN.


Price – ***Binding Rs. 8/- (Eight) only.***
***Ordinary Rs. 6/- ( Six ) only.***

Printed at-- Kala Printing Works, Fulertal,
Cachar, Assam.

# কথোকপা

ম, তুম চনু— ৺স্বপ্না

সিনাম চনু— ৺লৈরাংতোম্বী

মনুং মতম চাদনা

লৈরাং লৈথোক লোম্নথ্রবদা ।

# লাইরিকসিগী মরী লৈননা

হৈরোনা চংখ্রবদা, ডিরেক্টরনা শিখ্রবদা হায়বা ড্রামা মচা অসি দি মণিপুরী লিটারেরী ফোরাম, আসামনা শিল্লাংদুনা পাংথোকখিবা 'দি মণিপুরী ড্রামা ফেষ্টিভেল' সেকেণ্ড এণ্ড আসাম মণিপুরী শোর্ট প্লে কম্পিটিশন এণ্ড থিয়েটার সেমিনার ১৯৮৬. সংস্কৃতি ভবন, শিলচরদা শরুক য়াখ্রবা শোর্ট প্লে অসি নিতম আর্টিষ্ট ইউনিয়ন; বনভাবাগুরনা পুথোকখিবনি।

মণিপুরগী মপান্দা ময়েক শেংনা ড্রামা লাইরিক পুথোকখিবসি ওন্থোক্লা মশিং লিকনা লৈরি। মণিপুরগী মপান্দা মক ওইনা মপুং ফানা মণিপুরীনা খুন্দাদুনা লৈবসে আসামদনি. অমুকস্থু আসামগী মন্নুংদা কাছাড় জিলাগী খুঙ্গং খুঙ্গংদনি। হায়রিবা লমদমসিদা উপন্যাস, শৈরেং, অমসুং ৱারেংনচিংবা লাইরিক কয়াদি সাহিত্য সেবী শিংনা ফোংখ্রে অদুবু নৈনরোল অমদি ড্রামাগী লাইরিক্তি য়াম্না মশিং লিক্লা ফোংনরি। ড্রামাগী লমদাংদা শোথহনা লৈহৌরবা খুন্নাই অসিগী নহারোল খরনা চিংখৎলক্লবা কন্না হোংনজে অদুবু মপুং ফাবা ওমদ্রি। হায়রিবা লমদাং অসিদা মণিপুরগা চাংদম্নরুবদি শুকয়া য়াদ্রি অদুবু খোঙথাং তপ্পা তপ্পা মীয়ামগা চংমিন্ননবা হোংনরি। লমদম অসিদা ড্রামা

উংকনি, শুমাং লীলা শান্নগনি হায়রবদি মহৌশানা হরাও কুম্মৈ পামজবা মণিপুরী ভাবোক মশিং থিঙমদনা চোংথোরক্কনি অদুবু অরাবদি ড্রামা নত্রগা শুমাং লীলাগী কলাকার ওস্তোক্না লিক্লা চোংথোরক্কনি অদুগা অমুক্কা হেন্না ব্লারিবদি মুপী কলাকারগী ফিভম অসিনি। ওরগানাইজেশন কয়ানা ড্রামা কয়া পুথোক্লবা হোৎনর্জে অদুবু মুপী কলাকার ফংদবদগী স্বর শাংনা হোল্লগা পোথানখি। মণিপুরী জাতীদি বোর্ণ আর্টিষ্টনি হায়নৈ। আসাম লমদমদা জগোয় অমস্তুং ঈশৈগী মুপী কলাকার কয়া মশিং থিঙমদনা লৈরি, থোরক্লি অদুবু ড্রামাগী মুপী কলাকার অমত্তা ময়েক শেনা থোকত্রিবসি করিগিনো? ব্রাহং অসিগী পাওখুম মতিক চানা লৈরবস্তু হায়জনিংই জগোয় অমস্তুং ঈশৈদা মুপী কলাকারশিংনা মরু ওইবা থৌদাং লৌবগুম ড্রামাগী লমদস্তু লৌবিয়ু লোয়ননা কলা পুম্নমকপু ইকায় খুম্নবা উংপিয়ু নত্রবদি থুন্নাই অসিনা য়োকখৎচগে খন্দুনা পায়খৎচরুবা থৌদাং অসি তপ্পা তপ্পা মাংখিবা তাবনি।

অমুকস্তু হায়জনিংঙি, ড্রামাদি কম্পোজিট আর্ট ফোর্মনি। সাহিত্যবু মীয়াম মমাংদা পুথোকতুনা উৎপা তারবদি উৎকদবত্তু ড্রামানি থিয়েটারনি, থিয়েটার লিটেরেচারগী প্রেকটিকেলনি।

লাইব্রিক অসিগী মরমদা ব্রাহৈ অম'নিদং হায়জবা তারবদি হায়জনিংঙি, 'হীরোনা চৎপ্রবদা, ডিরেক্টরনা শিশ্রবদা' ড্রামা অসি অাসামদা মণিপুরী লোন্দা পুথোকপা অহানবা এক্সপিরিমেন্টেল

প্লেনি। প্লে অসিগী প্লোট কয়া লেখক্লা মশাগী অরেপ্পা অমসুং অচুম্বা অমগা লোয়ননা পুথোক্লবা হোৎনজে। অমুকসু কলা হায়বসি শেলনা লৈবা শুমগদবা নত্রগা শুপ্পবা য়াগদবা নত্তে। কলাদি ত্যাগকী মশক্লি হায়বসি লেখক্লা ময়েক শেংনা উৎলি। য়াঙাংগী মতাংদা য়েংলুরবদি অরিবা লোন অমসুং চৎনরিবা লোন, লোন অনিগী য়ানশিন্নবা মওংদা ভরি অনৌগী অপুনবা শকতম অমা উৎতুনা তাক্লি। আসামদদি ড্রামা মচা অসিদা শিজিন্নরিবা টেক্নিক অসি য়াম্না অনৌবা মওংদা থোকই। জাতীয় সংহতিবু মরা চেৎশিনহনবদা ড্রামাগী য়াম্না চাওবা থৌদাং অমা লৈ হায়বহু লাইরিক অসি টৈজতা উরুবদগী থরা ময়েক শেংবগুম থোকই। তৌইগুম্বসুং য়ারীগী মচেৎ থরদি ইতিহাসতা য়্যমফম ওইরগা লেথক্লা মশাগী লৈজবা পাঙ্গল, লৌশিং পুম্বা পুথোকচহনা য়াম্না ফজনা মীয়াম মাংদা খুদোল তমজনবা হোৎনজে অদুবু অশোয়বা থরদি য়াওদবা নত্তে। মসিদা অশোয়বা অদুতবু থিদুনা চৎপসে মীওইবগী অফবা গুণ অমা নত্তে, মীওইবসে শোয়গল্লি অমসুং শোয়নিংগল্লি হায়বসে হৌনশানি।

'হীরোনা চৎগ্রবদা, ডিরেক্টরনা শিগ্রবদা' হায়বা প্লে অসি ড্রামা ফেষ্টিভেল অসিদা উৎখিবদা মশানা এক্সপিরিমেণ্টাল প্লে ওইবনিনা ভাবকশিংগী মরক্তগী জ্ঞান তানদবা চরাং মরাংনবা থরা থোকখিবসিনা লেখক্লা ফোংদোকনিংবা অমসুং উৎচনিংবদু মপুং ফাবা ওইথি। ড্রামা কয়াগী মনুংদা জর্জশিংনা মতিক চারে খন্দুনা

হায়রিবা ড্রামা মচা অসি খ্বায়দগী ফজনা পুথোকপা নাটক্কী মনা পিখিবনি। মসিদা প্লে অসিবু মপুং ফানা ফজনা পুথোক্লবা হোংনবদা ডিরেক্টর অমদি কলাকারশিংগী য়াম্না চাওবা থৌদাং লৈখিদবা নত্তে। অফবা ড্রামা লাইরিক অমবু মওং চাদবা ডিরেক্টর অমসুং কলাকার শিংনা মাংহনবা ঙম্মি। অদুগা অমুকসু মওং কয়া চাদবা লাইরিকমক ওইরবসু অফবা খং-হৈবা ডিরেক্টব অমসুং কলাকারশিংনা লাইরিক অদুবু চিংখংতুনা পুখৎপা ঙম্মি। অসিনা মরম ওইত্না অফবা ড্রামা লাইবিক অমবু খঙ-হৈবা ডিরেক্টর অমদি কলাকারশিংনা লৌখংপিরবদি খ্বায়দগী ফজনা পুথোক্লুনা অহেনবা মনা ফংবা হায়বসে শোয়দ্রবনি। লাইরিক অসিবু ষ্টেজদা পুথোক্লুনা উৎখিবদা অত্থুমক ওইথি।

অরোইবদা হায়জনিংঙি, অখঙ-অহৈ, ওজা কয়ানা ড্রামা লাইরিক পুথোকপদা অমদি থিয়েটারবু য়োকখৎপগী লম্বীদা লমজিংবিযু লোয়না লোয়ননা মরু ওইবা থৌদাং লৌবিদুনা নাট্যপ্রেমী শিংদা থৌনা হাপ্লিয়ু।

রাই, ইন্দ্রবাবু সিংহ।
এক্টিং জেনারেল সেক্রেটারী,
দি মণিপুরী লিটারেরী ফোরাম, আসাম।

# অফোঙবিগী ৱাহৈ খরা

"হীরোনা চংশ্রবদা, ডিরেক্টরনা শিশ্রবদা" অইবগী অহুমশুবা লাইরিক্লি। লাইরিকসি খুংই ওইনা লৈরিঙৈদা পাজখিবতা নত্তনা ড্রামা ওইনা শান্নখিবদসু বার্ত্তোন ফংজবদগি "দি মণিপুরী ড্রামা ফেষ্টিভেল, সেকেণ্ড অল আসাম মণিপুরী শোর্ট প্লে কোম্পিটিশন এণ্ড থিয়েটর সেমিনার ১৯৮৬," সংস্কৃত ভবন হল শিলচরদা য়েংজরুবনি। লাইরিকসিগী থিম্দি ( [redacted] ) ইমালোলবু য়োকখৎচনিংবা, নেশনেল ইন্টিগ্রেসন ( National integration ) গা মরি লৈবা ৱাহৈ ভারত নিংথৌরেন পুরুগী পাওখুম খুদিংদা মমি তাহল্লি। য়াম্না তেম্বা মতমদা, য়াম্না মচা তানা চাংয়েং ড্রামা মচা পুথোকপদা, মথৌ তাবা মচাক্ ময়ামসি ফজনা। টেকনিক অমদা উংনবা হোংনবা অইবাবু থাগৎতবা ওমদে। মিনিট ৬০ ( হুম্ফু ) তং শান্নবদা মুমিংতুগী ভাবোকশিংনা মুণ্ডায়বা ফাওখিবা, মরম খরসিনা লাইরিকসি পাবলিশ তৌবগী দায়িত্ব লৌজরুবনি। লাইরিকসে পাবিরগা য়াম্না অথুম্বা উহৈ চাবদা ফংওকপা মহাও অহুমক য়ৌদ্রগম্মু হৈনবা মহাওহুদি ফংবিগনি। মসিস্মু মথল অমগী মথেলনি, মথেল'সিমক মণিপুরী সাহিত্যগী পূকৈদা হাপচিনজরগা মথেল অমা হেনগৎহম্বা মসিদা অমুক State Kala Academy, Imphal,

Manipur, না শেলগী মতেঙ থবা তেংবাংবিরকপা সংস্থাসিগী ওথোরিটি ( Authority ) শিংগী তৌবিমল কাওঙমদনা লৈরগনি।

লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা হোংনখিবদা নিংতম আর্টিষ্ট ইউনিয়নগী এস, চন্দ্রকুমার, মিস লক্ষীমণি অমস্যুং মিস কুন্দালৈ লোয়নুনা Kala printing works Fulertal গী কাংবুনা অৱা-অনা থিদনা হোংনখিবগীদমক শিংঙমদবা লম্মন তোনশিনজরে। প্রুফ রোমদা য়েংঙুরবদি হন্না হন্না হোংনজরবস্যু অশোয়বা লোয়বা নায়দে। মথংগী খুংনম্দা চুমথোক্চগনি। লাইরিক মচাসিনা মণিপুরী সাহিত্য অমস্যুং সমাজদা খজিক্কং কান্নবা পুরক্লবদি অইবা অমস্যুং কোংজবগী মহৈ য়াল্লে খল্লগনি।

অরোইবদা অসিগুম্বা মথেলগী মহাও চেল্লবা লাইরিক কয়া অইবনা ইরকখিনি হায়বসি ঐগী থাজবনি।

শ্রীমতী একাবলী দেবী
15-12-87.
*The Mother Ekabali Publication*
Bantarapur, P. O. Sundari.
Dt. Cachar, Assam.

# ৱাহৈ অমা অনিদং

ড্রামা ( Long play ) কয়া পুথোক্তুনা শান্নহনজখি। অদুবু লাইরিক ওইনদি পুথোকপগী খুদোং চাবা ফংজখিদে। মথংদা The Manipuri Literary Forum Assam না শিন-লাংবিবদগী শোর্ট প্লে কোম্পিটিশন ১৯৮৪ দগী হৌখি। মসিনা মরম ওইদুনা পুং অমগী প্লে "হীরোনা চংখ্রবদা, ডিরেক্টরনা শিখ্রবদা" ইজবগী খুদোং চাবা লৌজখিবনি। লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা, অরিবা লোলগী দাইলোগ কয়া তাকপি-রকপগীদমক পুকচেল চাওরবা ইয়াম্বা হাণ্ডরোংবা লায়েকপগী লমনদি শিংঙমদনা লৈরগদবনি।

"The Mother Ekabali Publication" না ড্রামা মচাসি লাইরিক ওইনা পুথোকপিদুনা পাংজদ্রবা এবু মীয়াম-মাংদা Dramatist অমা ওইনা শক তাকপিবা এগীদি লাইবক ফবনি। মসিগীদমক সংস্থাসিগী শিংঙমদ্রবা লম্মনসু ভোনশিনজরে।

লাইরিকসিনা এগী নুংশিজরবা পাঠক পঠিকা শিংগী পাবদা খজিক্কং নুঙায়বগী মহাও পিজবা ঙম্লবদি ইজরুবগী মহে য়ানজরে খনজগনি।

ময়াম্গী—

তাং— ১।১।৮৮ ইং। চাও অমর।

# ডি মণিপুরী ড্রামা ফেষ্টিভেল

সেকেণ্ড ওল আসাম মণিপুরী শোর্ট প্লে কম্পিটিশন

এণ্ড থিয়েটার সেমিনার ১৯৮৬ দা শরুক য়ারুবা

পুখোকখিবা — **নিংতম আর্টিষ্ট ইউনিয়ন, বনতারাপুর,**

**শরুক য়ারুবা কলাকার—**

১। ডিরেক্টরগী শক্তমদা — ইরোম্ বিদা। ( বেষ্ট এক্টর ১৯৮৬ ইং )

২। এসিষ্টেন্ট ডিরেক্টর " — সাইখোম্ কমলাকান্ত

৩। নিংথৌরেন পুরু " — লাইশ্রম্ নিশিকান্ত

৪। আলেকজেণ্ডার " — মুতুম ইবোতম্বী

৫। সেলুক।শ " — রাহেংবম্ নীলজিৎ

৬। দোল " — চোংথাম্ জিলাঙম্বা

৭। ঈশৈ শকপাগী " — সালাম পোরৈতোন্

৮। মিস সীমা " — মৈনমচন্দ্র তখেনলৈ

**ঈশৈ অমসুং** স্বর :— সাইখোম কমলাকান্ত, সালাম পোরৈতোন অমসুং মৈনমচনু তখৈনলৈ।

**কাষ্টুম অমসুং মেকআপ** — বিজিৎ রায়

**ভরিবা** ডাইলোগ — হাওরোংবা লায়েকপা।

**অর্কেষ্ট্রা —**

১) মুতুম মোহেন্দ্র — ভাইওলিন
২) মৈস্নাম কৃষ্ণধন - ঢোলোপ
৩) সালাম জয় — গিটার
৪) মতুম চীংলেন — বাঁশী
৫) শচীমোহন — নাল্
৬) হেরাজিৎ — ঝড়ি
৭) কৃষ্ণকান্ত — হারমনিয়াম

**লাইট** — সিনাম মেঙ্গর।

**ষ্টেজ ম্যানেজার** — হাওরোংবা ইবুঙোবী।

**অইবা অমসুং ডিরেক্টর** — হাও অমর ( বেষ্ট ডিরেক্টর ১৯৮৬ইং)

**সেমিনার পেপার পাবা অমসুং নৈনবিখিবী —**

হাওরোম চনু বেলারাণী ( 2nd best )

ড্রামা মচা অসি কম্পিটিশন অমসুং সেমিনার অসিদা বেষ্ট প্লে মনা যংখি লোয়নন্না ইন্দ্র**কুমার মেমোরিয়েল রানিং শিল্ড,** লুপা ৫০১ ( চামঙা অমা ) অমসুং ট্রোফি ফংখি।

## শাওবিগদবা কাংবু—

১। ডিরেক্টর— ড্রামাগী ডিরেক্টরনি চহী ৫০ মুক্তী নুপা।
২। এসি : ডিরেক্টর— " এসি : " " ৪৫ " " ।
৩। পুরুরাজ— ভারত নিংথৌ, " ৩৫ " " ।
৪। আলেকজেণ্ডার— গ্রীক নিংথৌ, " ২৫ " " ।
৫। সেলুকাশ— গ্রীক্কী লালোইপুরেন " ৪৫ " " ।
৬। দোল— " লাম্মী " ২৫ " " ।
৭। ঈশৈ শকপা— অচম্বা ঈশৈ হৈবা মী " ২২ " " ।
মশক মতো থরা ফজবা ওইবনা ফৈ।
ঈশৈশু হৈগদবনি।
৮। মিস সীমা— ড্রামাসিগী হিরোইননি চহী ২০ মুক্তী নুপী।
ঈশৈ অমসুং জগোয় শাবা হৈবী ওইগদবনি।



## হীরোনা চৎখ্রবদা ডিরেক্টরনা শিখ্রবদা

### অহাল্লা উৎপা

' শাল্লগদবা অ্র মাগী ষ্টেজসি অনি থোক্লা আর্টিষ্টশিংনা খনগনি A না শো-রুম ওইবগী মওং B দা গ্রিন রুম ওইনা খনগনি। শাল্লগদবা আর্টিষ্ট অয়াম্বা গ্রিনরুমসিদা ( মিয়াম মাংদা ) সেম শাগনি। নিংথৌরেন প্‌রুক, সেম্পুকাস অমস্যুং দোল, মখোয় অহুম সেম শারি। এসিষ্টেণ্ট ডিরেক্টর অশোয় অঙাম য়েংহ্নুনা লৈ। মতম অসিদা ডিরেক্টর চংঙকই। ময়াম হৌগৎলি ডিরেক্টরদা ইকায় খুম্নবা উৎলি। অমুক ময়াম মাগী মাগী শেম শাই। ব্রা অমতা ঙাংদ্রিঙৈদা মক্সুংদগী শৈরেং ঈশৈ হুমা শক্লকই। ময়াম লেংদবা মখৈ মফম মফমদা ঈশৈ তাহ্নুনা লৈ। ঈশৈ লোইশিনবগা ডিরেক্টর ব্রা ঙাংবা হৌগনী।]

কাওবিরোয়দবদি ড্রামা হৌগৎলগা ডিরেক্টর অমস্যুং এসিঃ ডিরেক্টরনা মরক মরক্তা ডিরেক্সন তৌবিগনি মতুনা ড্রামাগি ফজবা ওইগনি )

# হৈশ

খ্বায়দগী হেন্না ঙকপা নুংশিবনি,
খ্বায়দগী হেন্না লুবা নুংশিবনি।
খ্বায়দগী হেন্না ফজবা নুংশিবনি।
নুংশিবা পীবা ঙম্বা
নুংশিবা লোবা ঙম্বা
অদু মীওইবনি মওইবা।
মীগী মবক্তা নুংশিন্নবগী মবি
মরূপ মপাংগা নুংশি মবিনি।
মবিসি হৈনজদা
মীওইবগী মরী মতা ইমুং মনুং
মরুপ মপাং লংলাবনি,
কান্নদবনি, কাম্নদবা।
পুন্সিসিদি ঙচাক্তী দ্রামানি;
পুন্সিদি বেল যত্রিক্তি।
মতেক্তী পুন্সিসিনা
নুংশিন্নসি এখোয় মশেল
নুংশিনসি অমগা অমগা
খন্নসি য়াইফ রাখল।
শো হৌজদ্রিহৈদা পর্জবি নিংতম আর্টিস্টনা
অমত্তা ওইবা থাম্মোইনা

অমত্তা ওইবা রাখলনা
মশিং নাইদবা য়াইফ পাওজেল
মশিং নাইদবা য়াইফ পাওজেল
য়াইফ পাওজেল ... ... ... ।
পাওজেল ... ... ... ... ... ।

---

( স্টেজ Bদা শান্নবীগনি। )

ডিরেক্টর = (হরাওনাময়ামদা) ময়াম শেম শাবা লোইবিরেদনা ।

এসি ডাইরে= লোইজরে।

অহুদা হীরো শাগদবা অমসুং হীরোইন ওইগদৌরিবি হায়বদি আলেকজেণ্ডার অমসুং রক্মিনী শ বী মখোয় অনি থুংলদ্রিবাসিদা ... ... ... ... ... ... ... ।

(রক্মিনী চংওকই অহুগা ময়ামদা ইকাই খুম্নবা উৎলি। খুদক্তা ড্রামা থোক্লবা শেম শাবা হৌরকই মতাং অসিদা ডিরেক্টরনা মহাকপু চঙকপা উবদা ]

ডিরেক্টর :— ( নোক্লগা ) এঃ রক্মিনী শাবিদি থুংওবনা হাল্লে। ( রক্মিনী চংওকই ডিরেক্টর অমসুং এসিঃ ডিরেক্টরদা ইকায় খুম্নবা উৎলি )। শেমশাবিরো। ( এসিঃ ডিরেক্টরদা য়েংলগা ) মতমসি শো হৌগদবসু ব্রাংলী-বনিনা মতাং অমদং চাং য়েংশি হায়ববু... ... ... ।

এসি: ডিরে : - ( চিংননা ) অহুদা, আলেকজেণ্ডার ওইবিগদৌবনা থুংঙদ্রিবসিদা··· ··· ··· ।

ডিরেক্টর :— করিস্থু কায়দে লাকচরগনি । ( করিমতা চিংনদনা ) মহাক্কি ঐগী অথয়বা আর্টিষ্টনি । ময়ামগীতা য়েংবিয়ু মতমস্থু বাংলি মহাক্কী অরাংপচ্ছ ঐনা ঙহাক মচুং ( প্রোম্পী ) শিল্পগা লোয়রেদা । মহাক্কি মতম পুম্বদা শেম শাহনতা লৈরবা ঐগী থরাইগী হীরোনি । ( ময়ামদা ) শো হৌদ্রিভৈদা ঐগী ফুংশিজরবা মেল অমস্থুং ফেমেল আর্টিষ্টশিংদা রামাং খর থমজরি । ঐখোয় নিংতম আর্টিষ্টকী কলাকারনা শরুক য়াজরুবা অয়াম্বা মখল মথেলগী শোর্ট প্লে দ্রামা কম্পিটিশনদা অথোয়বা মনা লৌহনতা লাকপনি । ( আর্টিষ্টশিং রাশিংসি তুমিল্লা তাগনি ) চংখিবা দিল্লীগী ১৯৮২-৮৩ দা, অমুক বোম্বেগী ১৯৮৪ দস্ অল ইন্দিয়া শোর্ট প্লে ড্রামা কোম্পিটিশনদস্ প্রাইজ অহুম লৌরকপনি ; মরমসিনা ঙসিগী সেকেণ্ড অল আসাম শোর্ট প্লে কোম্পিটিশন এণ্ড থেয়েটার শেমিনারগী চাংয়েংসিদস্ মায় পাক্লবা হোৎনবা তাবনি। নত্রবদি ঐখোয়গী মমল হুম্ববনি। মসিগীদমক ডিরেক্টর অমসুং এসি: ডিরেক্টরতা নম্ননা আর্টিষ্ট পুম্বগীস্ অচৌবা থৌদাংনি হায়বসি কাওবিরোইদবনি।

এসিং ডিরে ঃ— ( আর্টিসশিংদা ) রাফমসি হেন্দোক থোইদোক্না অনৌবা আর্টিসশিংদা হায়জবনি। য়ারিকমথৈ নেচর ভাহনবিয়ু ইন্দক্কী রিয়ারশেল সিনা শো হৌরমদায়গী অলোইবা রিয়ারশেলনি। শো হৌরে খনবিয়ু। ঙসিগী আর্টিষ্ট ময়ামদগীসু পুরুরাজনা থরা হেন্ন চেকশিনবিয়ু। মরমদি লাইরিকসিগী মিং ভারত নিংথৌরেন পুরু হাযরিবনিনা। মসিদা আলেকজেণ্ডারদগী পুরুরাজনা হেন্না অর্থ পিবা অমসুং লুম্বা খংহল্লি পুরুরাজকী রোল লিক্রবসু।

ডিরেক্টর চুনই অইবগী রাখলসু অতুমক্লি। নত্রবদি সম্রাট আলেকজেণ্ডার হায়বসু য়ারম্বনি। পুরুরাজকী থৌনাবু অইবগী মীৎয়েংনি। মতমদুগী ভারতবর্ষগী মচেৎ মচেৎ তারবা রাজা, রাজ্যশিংগী নিংথৌ ময়ামগী মান্নদবা লিংজেন, অতুগী অমাংবা অতুবুনি অইবগী খুদোনবী। সম্রাট আলেকজেণ্ডারগী শক্তি অমসুং খুৎশা হৈবা লালোংবু নত্তে। ফরে হৌনবা তৌরশি, ঐনা আলেক-জেণ্ডারগী ওহাক প্রোক্সি পিরগে।

এসিং ডিরেক্টর— মফমসি লানবন্নী খনবিয়ু।

ডিরেক্টর— [ আলেকজাণ্ডারগী মওংদা মদোম ]

মন্নও ংতম চাদনা পস্তৌনা নোংগম্রবগি তুং, মেসিডন লৈপাক্কী মপু, ফম্বাল লাংঙকপা লাংহি কুম্মোন য়াম-

শিল্লক্লে। মতুবু গ্রীক লৈপাক্ত নত্তনা মালেমশিন্ন লোয়চনজগে খঙ্গবা পাইম শরি অরেম্বা ওইরগদ্রা ?

[ মতমসিদা সেলুকাশ চংঙকই ]

এ : কানানো ?

সেলু :— ( ইজ্জং তৌনা ) ননাই লালোইহন সেলুকাশনি। খুয়া-খাদা পুনেমজরি ইনিংথৌ ( নিংথৌবু খূরুম্বা )।

( আলেকজেণ্ডার শাবদো অদেম্সরোমদগী ষ্টেজতা চংলকই। য়াম্না থুনা শেম শাতুনা ডিরেক্টরগী মহুংশিন্না ভাংবা হৌই। ডিরেক্টরনা য়েংঙুনা লৈগনি অমম্বুং মরক মরক্তা ডিরেক্সন পিগনি। )

আলেক :— ( ফিংনা সেলুকাশতা ) অঙম্বা অনৌবা পাউ করম্বামুক ? লমলেন তক্ষশিলাগী য়াইফ পাউ পুবিরকপ্রা ?

সেলু :— ইনিংথৌ ননাই লালোইহন্না ইনিংথৌগী পাইম ব্লাখল থুংননবা লমলেন পারস্যতা নত্তনা গ্রীক লৈপাক্কী নিংথৌরেল কয়াবু লোইচনজরকপনিদো ইনিংথৌ। অদুদগী হেন্না ( নোক্লগা ) লমলেল তক্ষশিলাগী মপুবেল অম্ভী নিংথৌরেল মশামক্তা মরৈবাক মরমদম্বু খরায় থক্ত লৈহাপ্পা লৈরোং লাইদা কংপগুম ইনিংথৌগী খুয়া খাদা কংচরকএ মপু স্না নোংদমম্বিগনিদো লৈকোয়মপু।

আলেক :— ( নোক্লগা ) করি হায়বা অঙম্বা, আলেকজেণ্ডার এগী

কল্লবা মৈচাক, মৈরিগী মৈশা খাংমদ্রহ্নুনা অস্তী মাগী মুংশিজরবা মরৈবাক তঙ্কশীলাবু লেম্না খোংহা ওইনা কংলরবা। হা হা হা (উশিত্তনা) অসিগুম্বা লিন-ফোপ্পা নিংথৌ কয়াবু ভারতসিদা লৈরিবা ? মরৈবাক মরমদম্বু ঙাকচবগী লিংজেল ফাওবা য়াওদ্রবা লিন-ফোপ্পা নিংথৌহুগী করি অপাম্বা লৈরি অহুক হংবিয়ুদনা অঙম্বা।

সেলু :— মহাক্কী হায়জবদি তাকপিরিবমখৈ ইংজগে নিংথৌতদি ওইহনবিয়ু, খুয়া খাদা নিজরকইএ ইনিংথৌ। অহু-তবু হঙ্গৎচবা লাকচবনি।

আলেক :— কয়াত পামজখ্রবা নিংথৌ খুভম। ফরে মহাকপু অমুক ইনাক্তা পুশিল্লক্লমু চেংলৌ শক্তু য়েংনিংদে। মোমনু য়ারানা ব্রাওই শা, তম্বা থৌনাদি তুং ওইবা খোঙদোইবিরো অঙম্বা তাংজ মায় পাক্লরোয় অপাম্বা পোইরৈ মরৈপাক হন্দোকপিরল্লো মনীং তমজরো হায়বিয়ু লিন ফোপ্পহু।

সেলু :— মপু স্না য়াথংদি কোরৌ থক্তা কাফরোয়। মালেম লৈদা তাফরোয়। মপু স্না য়াথংবু নাদাইরেল চরৈ ফিগাও য়াজরেদো, ইনিংথৌ মথংসিদি থিন্দনা থংনবা লমলেন্দা লানজংখ্রগে ইনিংথৌ।

আলেক :— ননিংতমগনিদো লালোইহন। থিন্দনা মায় পাক্লবা হোৎনবিয়ু।

সেলু :— ইনিংথৌ ( খুরম্নগা থোকখিবা )।

আলেক ঃ— ( মদোম ) নিংথৌ ওইরগা মালেম শিন্ন লোয়চনজগে

পাইমান্নুংদা শরি নমুঙ তেমশিংখিববু য়াংদৌ লমখাংদা শরি নমুঙ ওই অকংবা শরোই ওইনা মাংহনবিগম্নুকো লাইনিংথৌ।

( ৎোলুক্লা অতিয়াদা য়েংলগা তেংথাবা )

পম্থৌ অপোকপা নচাগী পাইমম্নুংগী অব্রাবসি উবিরম্মোয়দো পম্থৌ নংদি। অতিয়াদগী লৈচিল পোমায় হাংদোকপিয়ু পম্থৌগী ম্নুংশি থৌজাল ইরিক্তু অকংবা লৈতনা খিকপিয়ুনে অপোকপা। নচাগী ... হামজেন মৈরা চাওহনবিহুনা তরা-ম.ং মা- ওইনা শাম্‌মা শয়েং ঙান্নবা শাম্‌মা পাঙ্গল ময়েং তাদবা শরি নিংবা থুংবা পিনবিয়ুকো অপোকপা। ( সেলু-কাশ চংকপদা ) এ লেংশিংকট্র অঙম্বা। তথৌবা করম্বা য়াব্রানো ?

সেলু ঃ— ইনিংথৌ য়োল্লবা কাদা ঙাকপীগনি। ( খুরম্না )

আলেক ঃ— হায়য়ুনে অথৌবা; ঙাংনিংবা নখা তমগনিদো, নখোয় খ্বায় নপান লাং নিংথৌ ঐনা তাংজ মাই ওইবনিদো।

সেলু ঃ ইনিংথৌ য়াথং তুংইম্না তক্ষশিলা লমলেন লৈপাক্কী মপুরেল অস্ত্রী কোলোয় মিংথৈবা, তম্বা থৌনা য়াওদবা মুপী য়াব্রা চীঙ্গোয়না, মতীক নঙনা ফম্বাল লাংনিংবা

মপু খুয়া থাদা নিজখিবা মরমদমদো পিবিরম্লেনে ইনিংথৌ।

আলেক : [ হরাওনা ] মুণ্ডাইরেদনা অথৌবা। নিংথৌ ঐনা পাম্বস্থ অদুত্তবুনি। পামদে মাগী মরমদম তক্ষশিলা-দো। নিংথৌ ঐনা পাম্বদি মেসিডোন লৈপাক্কী নিংথৌরেল ফিলিপ মপারি আলেকজেণ্ডার ঐগী ইতিক ইণ্ডালত্তবু খংহননিংবনী মালেম শন্না।

সেলু :— [ য়াম্না চিংননা ] ম··হ··গী রাক্ৰাহ নচা:।

?েব : ( ফিংনা ) অদুগা অমুক করম্বা রাক্ষম ?

সেলু :— ( তপ্পা ) পু···রু নিংথৌ······।

আলেক:— পুরু নিংথৌ ! পুরুনা করি তৌরবা মখা তাগনিদো অথৌবা। ওমচাক্করে থম্মোয়সে থিল্লেনে অণ্ডম্বা।

সেলু :— ইনিংথৌ। য়ারা মখা তাজগে পাইমা খোইজংবিগনি। তক্ষশিলাগী থংনবা লমলেনগী ঝিলাম অমস্থং চিনাব তুরেলগী থংনবা লমদম লময়াইদা। তাজবা লমদমগী মনিং তমজবা নিংথৌ পুরুনি। হায়না হুম্না পানজবা মরিল খাজবা নিংথৌনি হায়রে। ইনিংথৌগী মখা পোম্বা হয়েল লাল নত্তনা য়ারোই। য়াইবি থারবস্থ মরমদমবু লেম্নদি থাবা ঙমলোয় পাউদমবিরকইনে ইনিংথৌ।

আলেক : ( উশিত্তনা থাক্কা নোক্লগ ) অদুদিদনা নিংথৌ ওইবগী তম্বা থৌনা। লানজংবদা নোংশারেলগুম্বা থরস্থ লান-

থেংনবা হৌনশানী। মশিং লাকঙমদবা পাংদবব্ অঙম শকপশী শরুক নোংশারেল অমব্ চংনা ফাবনা পাম্মী ঐদি। মাগী নিপা থোকপা পাউখুম অমম্বং নিংথৌ অমগী লৈহৈবা লিংজেন তারগা, করম্বা থৌদাং পাইখংপীরি লালোই লুচিংবা। অঙম্বা, খাদা লৈবা লালোইহন্, লালোইথৌবা, লীনথৌরবা লালোইশিং থাগৎপিদ্রিব্রা হৌজিক ফাওবা ?

সেলু :- ( নোবফেৎ তৌরগা ) ইনি থৌ তপথবিগনি। ননাই সেলুকাসনা পামজবসু লালথেৎনবান। মাগুম্বা ভারত মচা নোংশারেলগুম্বনি থিজরকপা। নোংশাগ-নোংশাগা থেংনবা কৈগা-কৈংগ। চায়নবা অদ্বুনি লাল। মানা নোংশারেল ওইজরগসু পুরু মাগী য়াব্রা তাবা হৈবা গ্রীকী লালোই লুচিংবা সেলুকাশ নচ্চদে ইনিংথৌ ননাই লালোইহন্না লুচিংদুনা লীন থৌরবা লালোই মশিং লাকঙমদনা থাজিনজখ্রেনে ইনিংথৌ। ব্রাংলেন মীকুপ্তা লমকেৎ লমহেনবা পুরুগী লমকেৎপা মশাদো মকোক্কগী মতোল লোম্না মশা থারগা শমু খুজেং অনিদ্ হৌনা পরৈ তুংবুনলাক, কুরাও হংলান চন্দুনা, তাউবা হুইগং চীংবগুম লমলেন মাগী মরৈবাকসিদা, য়াংদৌ থুংনা কোইচিং চিংঙক্লগনি লৈকোয় মপু।

আলেক :- ( হরাওনা ) অদ্নিদনা অথৌবা আলেকজেণ্ডার ঐগী লালোইপুখেন্নি হায়বদা চাওথোকচনিঙাই ওইজৈদা।

লালথোঙ খংনা লালজংগদবনি অহুগা লালঙম ফিরাল পাইবগিদো। ( মন্নুংদগী ইনিংথৌ আলেকজেণ্ডারনা তাংজ মায় পাক্লে। লাঙরকই দোল য়াম্না ফিংনা চংঙকই খুরুম্মী। ) এঃ কনানো ?

দোল :— ননাই দোলনি ইনিংথৌ খুয়া খাদা পুনেমজরি।

সেলু :— হায়খু দোল করম তৌরবা।

দোল :— করি হায়না পাউদমসিগে ইনিংথৌ।

আলেক :— ( ফিংনা ) মখাক অমুক থম্লগম্নু মথংশিংনা লাল পাউবু তম্মু দোল।

দোল :— পিক্লবা লৈবাকী নিংথৌনি খঙকরুবনা পুরু নিংথৌতা নত্তনা প্রজা ময়াম্বু সু মুপী অঙাং য়াওনা চঙনা ফাগে থৌরাংঙরবনি। নীংতম পামজবা ভারত নিংথৌ পুরুগী, 'থৌবা লাল্লোয় খরগী থাংলেন শাখগু লালোই খরদি তাংজ লুরেল কেনখ্রেদো ইনিংথৌ।

আলেক :— ( মদোম ঙক্লা ঐগী লাল্লোয় খরা তাংজ লুরেল কেনখ্রবা ! মেসিডন নিংথৌ ফিলিপ মপারিগী লাল্লোয় খরা তাংজ লুরেল কেনখ্রবা ( ফিংনা ) কেনখ্রসমু ২ মথং পাওদম্মু রাকোয় শুরগম্নু ॥

দোল :— মথংদি ইনিংথৌ, ঐখোয়গী অত্তং অকাং লৈত্রবা লাম্মীনা ইনবুক শানা কোয়শিন্দুনা পুরু নিংথৌবু রানা লাঙ্গোয়দি চনজরেদো ইনিংথৌ। পুরুগী লমকেংপা মশা খরদি থাদোকচরে লৈকোয়মপু। ( সেলুকাস

ৱারম্বদগী নোহ্রকই আলেকজেণ্ডারদা য়েংই, মখোয়
তংিমক হরাওই। )

আলেক :– ( পেন্না নোৱগা ) নপাও তাবদা থৈনা পেল্লে অওম্বা : য়াইবী লৌখ্রবরনে নিংথৌরেল পুরুদ্। মরিল ফবা নিংথৌহ্ চওনা নাক্তা পুরকউ চেংলৌ শক খওনগে।

দোল :- য়াইবী মক্তি লৌজদ্রি। হাওনা তুংবুন পরৈ লাক কুরাও হংল'ন চন্দূনা মপুগী লানবন্ হোজং ফাওনা চিংশিনজরক্লে ইনিংথৌ। মপু স্না নোংদমবিগিদো। ( আলেকজেণ্ডারদা সিলুকাসনা য়েংই। )

সেলু :– নপাও তাবদা মেসিডেন নিংথৌ থৈনা পেল্লে অচাম্বা। চংলো ৱাংলেন থিন্দনা নিংথৌরেল মাংসিদা য়েক্না মাবু পুশিল্লকউ।

দোল :– ইনিংথৌ খুরুম্লগা চংখিবা, লাকপা মাইগৈদা )।

আলেক :– [ মদোম ৱাখল তৌই ] উম, পুরু নিংথৌ। নৱা তাবদা তম্বা থৌনাদি মাল্লিদনা। নিংথৌগী লিংজেন লৈজবস্লু য়াওজবোয় ভারতবর্ষদস্লু। ফৈ [ থোকখিবা ] [ সেলুকাশ মদোম লৈরিঙৈদা পুরুবু দোলনা পুন্দুনা পুরকই। ]

সেলু :– (পুরুদা ) খোওদোয়বিরক্লে ভারত নিংথৌ। অথৌবা থাংলেন শাখল কুংজবদি শমু হকচাংহ্ ইখেওনা লোয়-খোং চেনবোইনা। ( করেম্না ) হা…হা… তাংজ

লু্রেন্দি মকেন্দ্রি। করি হায়নিংঙি লিংথোবা হায়জ-হৌয়ো ঐঙোন্দ মপুকাদা হংগৎপিগে।

পুরু:– (শাওনা) অথোবা নমিং সেল্লুকাস হায়নমক মিংগৌবা য়াবনি। অদুবু নিংথৌ চৎনবিদি কায়ফদে। হঙোই পোরাবীগী লিংজেনবু ভারত মপারী ঐনা কিথিগদ্রে? নংগুম্বা কয়াদা য়াথং পিবা অঙম্বদু নিংথৌ ঐহাক্কি। পাইম রাখল তৌবিদবোয়। নংগুম্বদা ঐনা করিবু হায়জফম থোকই। মীনাইনা মপুদা অমুক করম্বা পাওতাক। (নোকপা)

সেল্লু:– (শাওনা) নিংথৌ, পাইম রাখল তৌবিগনি। (কবেম্না) মফমসি পুরু ফম্বাল নত্তে। ফিলিপ মপারী আলেক-জেণ্ডার নিংথৌরেনগী হুয়েন লানবনি। থংবিরেদনা? থৌনা ফবা নিংথৌ নংদি ঐগী হুয়েন লান্দ লাঙ্গোয় চন্দুনা লিরৌলাংদা থুরবা য়ারৌ শজিনি। নহাক্না য়ান্না কমজাও হুনবদি য়াইবী মাংগে তেমশিনব্রা?

পুরু:— (থাক্না নোক্লগা শাওনা) অথোবা চারাম্নরবা শাগী নিংথৌরেল নোংশাবু শজিনা করেম্ব? নংবু লোয়বা মপুনা মরোল শুনা তম্বিদ্রিহে। থকশি কারলম্বু রানাইদা থাসি-লিক্লেনম্বু সৈনায়দা য়ান্না কামজাও হুনবদি চাঁদ তাওজিং পিরেলহে খোংবান থম্না পৎপগুম মাংজ-নিকো অথোবা। (মদোম) নিংথৌ ঐগী লমদম

লমলেন ইরৈপাক সিদমক, করিস্নু লৈত্রবা মিরমদম মহাক্কী থওইদবা অসিগুম্বা তাইদবা। য়াম্না খোনফম। নাপসে শিংজ য়ৈরে। হে ভারত, ঐগী ইপা চা লমলেন ইপু লমদমগী ইচিন ইনাওনা শকথঙনরগা লিংজেন অমতা ওইরম্নবদি ম্নাংলেন মিকুপ খংদনা তাংজ লুরেল কেলোইত্রদো ? ( খাচিকপা ) আঁ মম্নাই কে কেদা মীরনদম। ঐখোয় ভারত মচানা অমবু অমনা তেংবানদা মশা মশাগী ওইজবতা য়েংনখিবা। তুং-মাং য়েংগুবদা ঐগী কনা লৈখিদবা। ভারত ঐগী ইপাচা হুংশিরবা ইচিন ইনাওনা খজিক্কুং খম্নরগা লিচিং অমত্তা ওইরম্নবদি অথোবা, নরিলন্থ খংলমগদ-বনিদো।

সেলু :- অচ্চাচা খোমলেন মঙফাওবিদ্রি নিংথৌ, চোয়রোল পোথাবিরো।

পুক :— ( শাওনা ) অথোবা, মপুগী য়াংলৈ তাওবগুম য়াংলৈ হুই খোঙ তোয়রগা অঙম্বা থোনা ওইব্রা ? তাকপিগে খংজহৌ নংবু লোয়বা মপুগী নাক্ক নিংথৌ ঐবু পুশিল্লু মপুগা-মপুগা, নোংশাগা-নোংশাগা ম্নারী শাগাদবনী মনাই নংগদি নত্তে থকসি কারল ওইগনি।

সেলু :— ( শাওনা ) নিংথৌ নংগুম্বা ভারত নিংথৌ কয়া কয়া খুত্থম চল্লে খংত্রিবোই। ঐগী লানজং তাবদা ঐগী

থৌনা উবদা নিংথৌ অম্ভী মশামক্লা তক্কণীলা মরম-
দমবু লেম্ম খোংহা ওইনা কৎলকপনিদো।

পুরু :— ( শাওনা ) রাকোয় তানিংদে অঙম্বা নংদি মপুগী য়াংলৈ
তাওবনি।

সেলু :— ( ইকায় হুংশি য়াঙ্কনা ) নিংথৌ পুরু। এগী নাক-
থংদা য়াল্লিবা থাংলেন থাংশাঙ কাবাকথাঙ, লৈবাক
লৈতাম্না মেৎনা শাবনি নিংজবোয়। ভারত নিংথৌ
য়ারা কাংজাও হুনবদি ( থাংশৎপা ) তাংজ লুরেন
কেন্বা তারেদনা। ( থাং হায়থরকপা মন্নুংদগী
আলেকজেণ্ডারনা ফিংনা থাম্বা, থোরকপা )।

আলেক :— লালোয় অথৌবা, রাংলেন মীকুপ অমদং।

সেলু :— ( নিংবা কায়বা, হম্বনা ) ইনিংথৌ। পুরু নিংথৌগী
লমকেৎলবা মশানা কোরৌ নোংমদোন খেৎপদি মপান
মরু ফংনা কমথজরগে, মপুম্না নোংদম্বিগনিদো।
( খুরুম্বা )

আলেক :— ( শাওরপ ) নিংথৌ ঐনা নিংথৌ মাগী অরেপ্পা
য়ারা অমদি লৌফম থোকতব্রা ? অঙম্বা ননিংতম্বদি
নিংথৌবু থৌওইদবা উৎপোয়না।

সেলু :— ( ইকায়না ) মপুম্না নোংদম্বীগনি। ইনিংথৌগী
য়াথংদি লৈমায় থক্তা তাষদে কোরৌ থক্তস্থু কাষদে।
য়োল্লবদা ওাকপিগনি।

আলেক :— ( পুরুদা ঈজ্জৎপীনা ) ভারত মপারী নিংথৌরেল পুরুব আলেকজাণ্ডার ঐনা তরাম্না ওকচরি । অঙম্বগী লালোং হৈবা পাওখুমদা পাইমা খৈনা পেনখি । চীঙ্ মাগী নোংদম্ন খোয়ুম কনাগী খুজিন্ন, নোংশা-রেন পুরুব আলেকজেণ্ডার ঐনা ঙসি কোরৌদা খুত্থুম চল্লেদো । ( দোলদা ) ইদাইরেন কনা লৈ ? ইকায় খুম্ননিঙায় ওঙ্গরবা নিংথৌশিংগী তুংবুন পরৈ লাকপদি হাওন পরৈ অহুক হন্দোকউদন ?

দোল :— ইনিংথৌ ( পুল্লিবত্থ লৌথোকপা । )

আলেক :— অহুদি অথৌবা, ঐগী ইক্ষমদগী অদোমগী অপাম্বা থৌগনলোন য়াব্রা মথা তাবিগনি ।

পুরু :— মতিক্ক কোরৌ খেৎলবা, মঙালনা মালেম শল্লবা, মেসিডন লৈপাক্কী ইনিংথৌ, ফিলিপ মপারি নিংথৌরেন আলেকজাণ্ডার মিংথৈবা লৈকোয়্নপু । নখুহ্নন চল্লবা পুরু নিংথৌগী করি অমুক হঙ্গৎচগনি । নখুদুম চল্লবা ঐহাকপু নিংথৌনি হায়বসিনতং কাওবিগন্নু । নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদা উংশিগদবা থৌগল্লোনদগী হেন্না মায়থিরবা পুরু ঐনা পামজদে । অদুগী থৌগল্লোন্দু নিংথৌ ঐনা তাকক্ষম থোক্কবোয়না । নিংথৌ অমদা নিংথৌ অমনা পিক্ষম থোকপা ইকায় খুম্নবদুতনি পুরু ঐনা ঙাইজবা ।

আলেক :— ( পেল্লত্থনা ) মুংঙাইরে । নংগুম্বা নিংথৌ কয়া লৈরমখিগনি, মালেমসিদা। নিংথৌ নত্তবু খিরক-পনি আলেকজেণ্ডার ঐনা। নিংথৌ অমদা নিংথৌ অমনা পীফম থোকপা থৌগল্লোন্দি ঙসি কোরৌ নোংলেনগী মুঙাইরবা তাংলৌ অসিমক্তদা পাথৌ মরূপ শান্নরসি। লাও পাথৌ, পাথৌ কোলোয় নিংথৈনরসি । ( পাথৌ, হায়রগা অনি কোন-শিন্নবা। )

আলেক :— নরৈবাক নরমদমদা লোইরঙ শিঙথোঙ শারবদি য়াইবি কৎনা তেংবাংনশিকো পাথৌ । ঙসি নোংলেন্দা ঐগী খূদোং তুং-ইন্না পাথৌবু হাওনা তুংবুন পরৈ লাকখিবা পাইমা পিবুক খাদা ঙাইমুকিসি থম্নগন্নুসিকো পাথৌ।

পুরু :— করি য়ানো পাথৌ । ছয়েন নংগী লালোংনা লাঙ্গো লীরৌ চল্লুববু পাথৌ করি নরান্নো, তম্বা থৌনা উংপ-নিনা । পথৌ নত্তিক অৱাংবা থাগৎতবা ঙম্লোয় কনাম্নু।

আলেক :— পাথৌ নংগী খাব লিংজেন কুংলবা থাংহায়গী থাংদোন্দ ঐগী কল্ল-কল্লবা লালোয় কয়াগী লালু চোমায় কেন-খিবা পাথৌ থাগৎতবা ঙম্লোয় ঐহাক্না। হন্দক্কী লালোংসে ঐগী লালোং নৎখিদ্রে, পাথৌগী লালোং

তাখে। ময়াম অমুক্তং লাওদি খাব লিজেন পাথৌ পুক নিংথৌনা।

ময়াম :— তাংজ মায় পাক্রে, তাংজ মায়পাক্রে। ( মতাংসিদা ডিরেক্টব বিযাবশেল লোয়শিল্লগা শো হৌনবা ঈঙ্গিং চৌই ঘড়ী য়েংই। এসিষ্টেন্ট ডিরেক্টরস্থু হৌনবা আর্টিস্টশিংদা ঈঙ্গিং পী )

ডিবেক্টব :— ( য়াম্ন হবাওনা, মতম যেবা ) শোসি তৌগংদিবা য়াবে। মতমসি চপ চাবে থোক্লনবা তৌবিবো।

এসি : ডি: — ঙসিগী এক্সপ্রিমেন্টেল শোর্ট প্লে সিদা য়াওবিরিবা থুদিংমক্কী দায়িত্ব য়াম্না চাওই। চেকশিনবিগদবনি বিং চৌজবে। নিথেম্না আলেবজেণ্ডাব ওইবিগদৌরি-বনিনা বেদি ওইবিবো।

( নিংথেম থোকউ য়াদবা ) করি তৌরে নিংথেম মতম য়ৌবে থিল্লে।

অলেক :— ঐ ঙসিদগী নিংতম দ্রামাদগী পোথাজরগে ( শাওনা ) নিংথেম্ন নিংতম আর্টিষ্টকী নিংথৌ শাক্ষদনা করি কান্নগনি। মতিক চানা মমল ফংদবদা অরামনগী করি তোংজরি।

ডিরে :— ব্রাফমসি ওন্নখ্রে। নিংথেম্না পেনবিদ্রিবসি করিনো? ( ব্রাথল খল্লগা ) ও শেল, শোয়দ্রে শেলগীনি চুম্মী। নিংথেম শোসে লোইবগা শেংদোক্লগা লোয়রে চিংন-রিব্রা ?

আলে :– ( য়াদবগী মওংদা ) ঙাকপিগনি, ঐবু ঙাকপিগনি। ঐ অমুক শো কুম্বা ঙমজররোই। ফংফম থোকপন্থু প্যেড ( Paid ) তৌবিদ্রবনিনা হেন্না ফংবদা চৎপা অসিবু অনাম্বা ওইরগদ্রা ?

ডিরে :— উম ঐ খংই ( য়ান্না ন ুঙাইতনা ) আর্টিশিংগী অপাম্বা, মতমসিগী আর্টিষ্টশিংগী হেক্তিন্ন পাম্বা করিনো হায়বসে, মখোয়দি শেলতাবু মমিত্তা উই, শেলগী জগৎনি, মখোয় মখোয়শিংত্থু অশেংবা আর্টিষ্ট নত্তে। শেলনা লৈবদা অয়াবা মখোয়দি কলাবু য়োনবনি। কলাদি শেলনা লৈবা য়াদে শেলগা ওন্নবা য়াদে। শেলদগি কলাগী মমলনা হেল্লি। অত্থুবু ঐদি নিংথেম, অত্থুগুম্বা আর্টিষ্ট ওইহন্নিংদে, অশেংবা কলাকার অমা ওইহন-নিংবদগি পিক্লিডৈদগী শেয়কপনি। ( থেম্বা অমস্থুং ) নিংবা কাইনা ) শাওরগনু, নংগী হিসাব ঐনা শোয়দনা লোইগনি ঙহাক্কো ইকায়বাসিমতংদি, নিং-থেম।

আলেক :– ( শাওনা ) ঙাকপিগনি।

( প্লেস লোথোকপা হৌই, উপ্লিবা লূহুপ্পা চিংবা থরম্মী, মহাক্না চংঙকপা ওদেন্সরোমদা অমুক থোকখি।)

ডিরে :— ( নিংওমদনা ) নহাক্না চৎখ্রবা। ঐবু অকম্বা নোংলৈ-লক্ত থরম্নগা। পিক্লিডৈদগী অপেৎপা লৈত্তানগুম ফজবগী দমক শেম্লিংবা মওংদা মেত্তুনা শেমখিবনি।

নিংথেম, নংব, থাজরুবদগি। (য়াম্না পেন্দবা) অত্তুব, ঐগীস্তু ইরাল লৈ। নংব, হেনজিন্ন থাজরুবদগি। (অঙাওবগুম) হেনজিন্ন নুংশিরুবদগি কাবা হৈতবা নংবু, ইখুৎমক্লা কৈরাকতুদা থাংগৎপিখিবদগি নিংথেম্ব, মীতৈমচা খুদিংনা অফবা আর্টিষ্ট ওইনা শকথংনবনি। অত্তুগী লমন ওইনা ঐগী লৌব্রাইদা নহাক্কী হৌনবা খংদবা নখোং অনিদুনা চবেৎ চবেৎ নেথায়রম্বা। শাদগীস্তু হেল্লবা নহাক্লা ঐবু (অঙাওবগুম) মাংহনগে থৌরাংবা, য়ারোই। চংখো নহাক চংথ্রো.........। লাকখিগনি অশেংবা বলাবু ইকায় খুম্নবা আর্টিষ্ট নিং ...... থেম ..........।

(রাম্বদুনা হায়থখিবা ময়াম্ন পুশিনখিবা)

(মিনিট অমা লাইট মুৎলি।)

## অনিশুবা ঊৎপা

(মথংগী সিনসিদি A অমসুং B অনিমক্ক শাম্নগনি)

(এসিঃ ডিরেক্টর নুঙাইতনা থোরকই)

এসিঃ ডিরেঃ — [মদোম] ঐনা রাকমসি করম্না তিল্লিবা মীয়ামসিদা হায়রশিগবা। আঃ ওম্মোকপনিদা শো হৌগদবগি চিরবা মতমসিদা। হীরোনা চংথ্রবদা ডিরেক্টরনা

শিখ্রবদা ঐনা তৌগদবসি করিনো। অতুবু তিল্লরিবা মীয়ামসিদা মচা তানা খংহনদবদি য়াদে শো উৎপা উৎতবা। ফরে অদু মঙাইরে হেক্ত হায়রগে।

[ মীয়ামদা ওনশিন্দুনা নোল্লুক্লা হায়জবা ]

ঙসি নিংতম অর্টিষ্টকী কুমৈবু মিংয়েং তাবিগনি হায়বগি আশাদা লেংবিরক্লিবা অঙম-অথৌ, মরূপ-মপাং, ইচিন-ইনাও, খুায়দা ননাই ঐনা ড্রামাগী মাগৈদগী মতেং তৌজবা ডিরেক্টর অমা ওইনা হন্ন হন্ন নোল্লুক-চহুনা ব্রাকম খরদং হঙ্গংচরি। লাইবক থিবদি শেলগী মুঙায়নদবা খরগী দমক ড্রামাসিগী হীরোনা চংখ্রবদা পেন্দবদগি ইকায় নুংশি য়ান্নখিহুনা ঐখোয়গী কাংলূপসিগি মপী-মপা ওইনা তাকপি তিকপিরম্বা ওঝা ইবুঙোনা মশাগী অরিবা ঈগী লায়না অমনা খংহৌদন ঐখোয় ময়ামদগী পুন্সিগী ওইনা পুবিখ্রে। মসিদা করিসু খংজদ্রবা ঐহাক্না করি তৌফম থোকই। ড্রামাদা থরায় য়াওজবা ঐখোয়গীতা মাংজবা নত্তনা মীতৈ ইনাৎপু নুংশিজবা অমা মাংখিবদা, চৈথেংসি ঙসি ফম্বিরিবা মীয়ামতা নত্তনা চাওরবা খুনাই অসি-গীসু অমাংবনি। মতাংসিদা পঞ্জনিংবা অমদং ময়াম্ন পেনবিগনিদি থাজদে লৈখিদ্রবা ওঝা ইবুঙো ডিরে-ক্টরগী মুংশিনা থাজরম্বা লৈরাং চার অমাদং, শিঙেল

নৌনা লৈনম পুরকপা নাচোমসে মিৎয়েং তাবিগনি খঞ্জেদো শিঙেন লক্তগী অথোয়বী পুনা লমদমদগি পুজরবপনি মীয়ামগী মিৎয়েং চিংশিনজরি লৈরাং কোলোয় "মিস সীমা"।

( সীমা থোরকই। যন্ত্র পাইবশিং থোরকই যন্ত্রগা লোয়ননা। মথং মথং এসিঃ ডিরেক্টরনা মীয়ামদা শক তাকই।)

সীমা :- ( মীয়ামদা হীরোইন অমগী মওংদা )

সীমানা খুরমজরি। এদি ড্রামা জগৎ সিদা লৈথিদ্রবা ইবায় খম্নিঙাই ওইরম্বা ডিরেক্টরনা মীয়ামগা শখঙনবগি খুদোংচাবত্থ থম্বিরম্বনি। হৈনজবদি ওস্থিংনি অদুবু অরাবদি ঙসিগী খুদোংথিনা তোক্লগদবা শো অসিদা হৈজবা জগোয় মতেক খরদং ময়ামদা লাম্বোকচবগি খুদোংচাবা লৌজরি, ঙাকপিগনি ( সীমা লৈমা জগোয় শাদুনা ময়াম্থ পেলহল্লি লোয়ননা ঈশৈশ্থ শকই ) ঈশৈদি—

হৈরাংখোয়নিদা চানবা হৈনিদা
সিবু থোয়না হাওবা হৈদি
চীনদম্বা হৈনিদা
শাবী লাও লাও চংসি লাও
... ... ... ... ... ... ।

( সীমা ঈশৈ অমম্মুং জগোয় লোয়খিবগা মীয়াম খুবাক খুই ওডেন্সরোমদগী ওব্রান্স মোর খরনা এক্সিলেন্ট খরনা খুলং ঈশৈ শকপিম্মু হায়না লাওরকই মচু তাবদা।)

এসি: ডিরে :— ( মীয়ামদা ) ওডেন্স রোমদগী ঈশৈ হায়বা অমা তাজরি মসিবু এস্নু শৌগৎচরি মরমদি মাংখিগদৌরবা মীতৈগী খুলং ঈশৈনি। ঈশৈসে থৌগল তৌজরক্কে ....... অদুবু নিংতম্ আর্টিস্টকি মাইগৈদগী ব্রাফম অমদংদি থমজরি অতুদি হুজিক হুজিক মিস সীমাগী খুলং ঈশৈসে তাবিরগা ঈশৈগী পাওখুম ওইনা, মরম্নাই দ্রামাদা থৱাই য়াওরিবা, আর্টিষ্ট ওইবিনিংবা. মরিল ফবা মীতৈ মচা কনাগুম্বা য়াওবিরবদি, কলাবু ঈকায়খুম্নবিবা উৎপিদুনা। ঈশৈ সিবু হনবিরক্লবদি ঐখোয়গী চাওৱবা অৱাৎপাসি মপুং ফাজরে লৌজগনি। অদু ওইরবদি মীয়াম্না তাবিনিংবা খুলং ঈশৈ পুক্লিং চংনা লৌবিরসি। ( সীমা খুলং ঈশৈ শকই মতাংসিদা যন্ত্র পাইবা পুম্নমক লেপকনি— পেনাগা ভাইওলিন অনিসিদি ঈশৈগী তুং ইনগনি ।)

সীমাগী অনিশুবা ঈশৈ ( খুলং ঈশৈ )

মুংশিজরবা ডিরেক্টরনা,

নিংবা কায়না চংখ্রবদা,

লমদম তামখ্রবা নংগী, নিংবা থুঙহন্বা ঙমজদ্রবি ঐনা
নংনা পামজরম্বা তুং ইম্ন
কলাগী মমল খংবা হীবো লাকখিগদ্রা ?
কলাগী মমলবু শেলনা লেপ্রবদি,
তাইবংদা অশেংবা আর্টিষ্ট লৈররোয় ।
নিংবা কায়রবা খোম্থোক্ল
পুনেমজবি ২ মপু থূয়া থাদা ।
অশেংবা হীরো অমতং পীনবিয়ু হায়না ।
( সীমাগী ঈশৈ লোয়খিবগা ওডেন্সদগি ঈশৈ হৈবা নিপা অমনা ঈশৈগী পাওখুম ওইনা খুলং ঈশৈ অমা হৌগত্তুনা শকই । ঈশৈ হৌগৎলকপগা এসি : ডিরেক্টরনা ভরায় থৈজ্বতা কৌখংলি, অমস্তুং ঈশৈদু মপুং ফানা শক্কবা অয়াবা পী । নিপাদু মাইক্রোফোনগী মনাক চংদুনা ঈশৈ শকখি । ঈশৈ লোয়বগা মীয়াম থুবাক থুই ।

( খুলং ঈশৈ মুপাগী )

মুজা নপাও তাবদা
পাখং থম্মোয় লৈঙঃদ্রেনে শ'খংদবি
কলাবু পামজরবম্ন, লাইরকোন্দ পোকখিবনা,
নিংবা কায়দুনা পুক্সিসে লেনজরেনে পামুবী ।
অশেংবা কলাবু য়োকখৎচনিংবা,
কোরৌ মমি শামখ্রবা,

ডিরেক্টরগী আত্মা শান্তি ওইনবা, উংলমখিসি তাইবংনা
খংহনলমখিসি মীয়ামদা।
শেলগী তাইবঙসিদা মুংশিবী
কলাগী অশেংবা ব্রাহনবু ২।

এসিঃ ডিরেঃ — ( য়াম্না হরাওনা, অনৌবা মুপাহুবু ঈকায় খুম্না )

ইবুঙো নহাক্কি মতিক চাব নিংতম আর্টিষ্ট ইউনিয়নগী অশেংবা কলাকার। ঐখোয় ইচিন ইনাও ময়াম চঙনা লৈখিদ্রবা ওঝানা পায়খংপীরম্বা থৌদাং কলাদা থরায় য়াওবগী মঙালতু ফংননবা হোৎনসি। ঐখোয় ময়ামগী মাইকৈদগী নংগুম্বা অমা ফংজবদা মতোল তেকখ্রবা উজাওনা নৌনা ময়োল চোংখৎলকপগুম হরাওজে। অশেংবা কলাকার অমা ওইবিতুনা শেলনা লৈবা য়াবা কলাকার-শিংগী মথক্ত অদোম্ন মুমিংকী মশেককুম মালেম সিন্ন ঙাম ওইরসন্নু॥

অলোইবাগী মৈ।

—::( 0 )::—

অইবগী লাইরিকশিং—

১। ৱারীগী ৱারী ( ৱারী মচা ) 1984

২। নিংখায়রিবিদৌরবা তোর্বানগী শকম ( ৱারীমচা ) 1986

৩। হীবোনা চংশ্রবদা ডিরেক্টরনা শিগ্রবদা ( short play ) 1988

প্রেসতা লৈরিবা—

১। চংনবী মীতৈ থুপায ( পাঞ্জীগী মওংদা )

২। তাখিসি ইত্তা চান্নবী ( শৈরেং )

৩। হোটেল অহিংসা পরম ধর্ম ( উপন্যাস )

৪। ৱাশক ( Long play drama )

৫। থোদাং ( Long play drama )

৬। ঈখৌলংলবা মঙাল ( Short play drama )

লাইরিক ফংফম—

1. Modern Library— Silchar-1.
2. Ebecha Library– Kabuganj.
3. Fashion House— Silchar-1.

and others Manipuri book sellers.